# মোনা লিসা

ভারত মণি

থম্মোই মন্দির তাজমহল

ইন্নুং চেল্লা মকু

তাইবং ঈরোম্মুংদা

লৌকোইপাং

ফংলখিনি ঙাইখোকো

করি অমুক থেংনরখিগবা

# বাহৈ খরা

শেল থুমগী থৌনা যাম্না লৈখিবদগী সমিতিনা ঙসী লাইরিক ফোংজবা নংচদে। ফোংজনিংবা অমসুং মনিপুরগী ওইবা সাহিত্যগী শক্তমবু অতৈ লমগী সাহিত্যগা যেংনবদা, নোপ্তনবা হোৎনবসিদা, ঐখোযসু ঐখোযগী অঙম্না ইত্তেং পাংশঙবা অমা ওইনা য়াম্না রানা অথনবা লাইবিক খরা চহি চহিগী ওইনা ফোংজৈ। শেল থুমগী মায়কৈবোমদা যাম্না অরাবা ওইরবসু রাশক অসিমদি ভেক্ত কায়দনা ভাকচনবগীদমক্তা সমিতিনা হোৎনজরি।

ঙসি, চহি অসিমগী ওইনা সমিতিনা ফোংবা লাইরিক "মোনা জিসা" অসিমক ময়ামগী থৌজাল্গী ফোংদোকপা ভনজখনি হায়না থজৈ। লাইরিক অসি,—অইবা শ্রী্তাকপম ইবোমচা সিংহগী ফোংথক্রিবা অমসুং ফোংপ্রবা শৈরেং খরনা পুনশন্দুনা শেম্বনি। অইবগী শৈরেংশিংসিগী মমুংচনবা "মোনা জিসা' হায়বা শৈরেং অমমা শৈরেংশিংগী অপুনবা লাইরিক অসিগী মমিং ওইরি।

ভশোংনমক, শ্রীইবোমচা, মনিপুরি সাহিত্যদা, মরু ওইনা কবিতাগী মায়কৈদদি, খো'থাং য়াম্না নৌনা চংশল্লক্লিবা মীশক

অমদি নত্তরে হুজিক কাওবগী মঙ্গুংদা অইবগী খুত্তগী শিংথানিংচায় ওইরবা মশক নাইবা লাইরিক কয়া পুখোক্তুনা লাক্লি। অইবগী পুন্সিগী অহানবা, অনব্বা লাইরিক ওইনা "কাইন-অহিং" খণ্ড কাবা, শোক ১৯৬১ দা কোংখি। অতুগী মতুং শোক ১৯৬৩ দা অইবগী "মোংফম" উপন্যাস লাকখি। অইবগী 'মোংফম' উপন্যাস অমা ওইনা মায় পাকপ্রবা, অইবগী লোত্তুনা লৈরিবা কবি অমা ওইবগী গুনশিংতুনা, মায় পাক্লবা "মোংফম" উপন্যাস; অমুক্তা হেনবা কাওঙমদবা লৈতেং ওইখি। তশেংনমক, শ্রীতোকপম ইবোমচা কবি অমনি। মহাক্কী ১৯৬৭ তা ফোংবা শৈরেং লাইরিক "পুর্ণিমা" পাক্লবদা মনিপুরগী অশেংবা কবি অমদি লৈরিদনা হায়না সাহিত্যগীদমক খনবা কাংবু কয়া হল্লাওনখি। ঐখোয়গু মহাক্কুম্বা কবি অমা লৈরি হায়না হল্লাওবা ফোংদোকপগা লোইননা, কবি অসিগী শৈরেংগী অপুনবা লাইরিক অসিমা ময়ামগী মফমদা লাম্থোকচরি।

অরোইবা ওইনা শৈরেং অপুনবগী লাইরিক অসিবু ঐখোয়গী ঈফমদা ফোংদোকচনবা খোনা পীবিত্তুনা খোগৎ-পীরিবা অইবা শ্রীতোকপম ইবোমচা সিংহগী লম্মন সমিতিনা তোনশঞ্জরে। অতুগা লে'য়ন-লোয়ননা লাইরিক অসি

কোংদোক্লবা হোৎনজ্ঞবদা লুপা ১ ০ তেংবাংবীরকপগীদমক্তা মনিপুর সরকারগী ওইন', ইদুকেশন দিপার্টমেণ্টপু, অমসুং লাইরিক অসিবু মতম চানা পুখোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং পাংবীদুনা অরা অনা কয়া থাংবীরবা শ্রীনারায়ণ শর্ম্মা, নারায়ণ প্রেসগী প্রোপাইটরবুসু ঐহাক্না নহারোল সাহিত্য প্রেমিগী তরপুগী হন্না হন্না থাগৎচরি।

ময়ামগী

ইম্ফাল

তাং ১০ | ১২ | ৬৮ ইং

লোইতোংবম পাচা মীতৈ

জেনরেল সেক্রেটরি

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি

ইম্ফাল, মনিপুর।

মোনা লিসা

ঙসিগী চরাংনবা

হয়েংগী লাংতক্লবা

ঙরাংগী নিঙমদবা

লেল্লি পূল্লি—

মপুং ফাত্রবা থৌদোকী ঈপাক'য়াইদা।

লেপ্‌লি।

চংলক্লিবশিংবু মাঙোক্লনা

নোক্লা

কপ্পা

হরাও তয়াম্লবা শকফম্না

শুকথরবা মিৎয়েংনা।

হৌপ্রবা,—ওইরিবা

তুংগী পুন্সি লাকদবা,

মায়োক্লথিনি মতৌ অসুম্না

অসিগুম্বা লম্বাংসিদা লেপ্তুনা—

নৈচিলশিংনা পাইরিবা

শক্লোনবু হোংহল্লিবা।

সুংশিৎ ঈপোমদা

উপানশিংনা লেংলিবা

শম্লাং ফিজিগী মওংবু থুগাইরিবা।

মচু কয়া থোরক্লিবা মুমিংকী মঙান্দা

মওং কয়া ওইহল্লিবা হকচাংগী কুচুদা।

নঙোন্দগী থংবা ওগ্নে ।

বর অসিতং নিঙগে থম্মী—

পুন্সি অসিদা নিংবা থুংজবা

নুঙাইবা হায়বহুতা কংজনবা ।

কান্নররোয় মিৎ পাল্লিবনা তারিবা

মহাও তংগল্লবা হকচাংসিগা মরি লৈনরিব: পুন্সিসিদা।

অথোয়বনি অসিতনা—

থেংনরকপা থৌদোক থুদিংবু

মায়োক্ন ওন্নবা শক্তিহু ।

মিকুপ মিকুপ্তা হোংলিবা মতমগী শাইওন্দা

য়াওগনি পুন্সিস্থ

নোক্না

কপ্না

হন্নাও তয়াল্লবা শকফম্না

শুকথন্নবা মিৎয়েংনা ।

মিংশেলগী মওং লৌরবা শকফমসিনা

য়েংলি তাইবং কুম্মৈবু মায়োক্তা থমহুনা ।

থোক্লিবা থৌদোক মতমগী মহুংদা

ততনা ওল্লিবা শাইওল থৌদোকশিংদা

শাজিন্নরিবা পুন্সিশিংগী মওং
মতৌ তমলিবশিং
নোক্লিংব্রেদা
কপ্লিংব্রেদা—।

কনানো য়োনা শিংলবা,
কনানো য়োনা পংলবা ?
কনানো হুডাইবগী অয়োবা ঙংলবা,
কনানো রাবগী পম্বং য়োরব—?
লাও চংশিল্লবউ মতমগী রাংম লাল্লবা অথোইবা !
তাইবং পানববু য়েংসি—
মিকুপ অমতদা থোক্লিবা অঙকপা রাথোক ময়ামসি।

অচম্বা শক্লোন লৌহনা হিংলিবা
মিংচৎকী মপান তাংতুনা
অর্থগী পাউখোং চনগে থোরাংলিবা মীতৌ তমহনা
অরুবা রা ডাংগে হোৎনরিবা মীপান তাংহনা।

লেপ্তুনা লৈগনি মায়োক্লখিনি
শক্লোনশিংসি মশীং য়াম্লক্কে
ঙরাংগী ঙসিগী হয়েংগী
য়েংগনি—
অরাবগী শকফম
নুঙাইবগী মিনোক ।

ঙাইরি ।
অসিগুম্বা মফমসিদা
নুমিৎকী মৈশানা মওং অমত্তদা শাদবা
নুংশিৎকী শহম্না নওং অমত্তদা হুমদবা ।
তত্তনা হোংলিবা ঋতুগী খোংচত্তা
অয়ুক্তা—নুংথিলদা—নুমিদাংবাইদা ।
লেপলি পুন্সিনা থৌদোকশিংবু মায়োক্লহনা
মতম মতমগী য়াওন্দা
কপ্পা-নোক্পা
ৱানা নুঙাইনা ।

শক্লাইদবী !
মতম অমদা অরাবনা থল্লবা

পূক্নিংগী মৈচাক হন্থনবা
য়েংলুই নংগী মাইথোংদা—
লৈরম্মী নংনা থোইনা হেন্না রারবা শকফমদা।
মুঙাইরবা মিকুপ অমদনা
য়েংলুই থম্মোইগী রা পাউদমগে হায়না—
লৈরম্মী নংনা রারোল পুম্বহ্ শংবীরবগুম্না।
শাউনিংলুরেদা !
থল্লুই অহৈ অপা শাজনিংবা মাইথোংসি মুংশিন্নেদা।
নহাক্না হাল্লি ফোংদোরকপা
'তৌজ শারিবসি লোক্নিংথ্রেদা— !'

ফজরবা চিত্র অমা য়েংলুই
নহাকসি য়েংবা য়াররোয় খন্না লাকই ;
য়াওরম্মী নংগী মাইথোংদা অঙকপহ্ নমথৎনবা।
মপানগী মিৎ অসি লৈহৌই
নিংথিরবী মুজা 'মগী মিম্নাদা
চংথি থম্মোইগী মিৎনা নংগী মিৎ অনিদা।
লাইবক ফবদগী ফজবা চিত্রান অমদি
ফংজরুরে শোকপবু

মতমহুমক্তদসু কাওঙমদে নংগী চিন্নানতবু।
লেপ্লে হৌজিক্তী—
মীওইবগী পূম্বিগুম
য়াওদবা লৈত্রে মাই'খাংসিদা
ফজবা-অপাম্বা-কলকপা-মিহৌবা
মতম পূম্বদা য়েংহুনতা লৈচনিংবা।

নহাক লৈরো মাংসিদা—
থরো কৌবী লৈরাংনচিংবা খিবিক্লা
মপুং ফানা শাংলবা পাংসিগী মপান্দা
হুংগাইরকী ঈশিংগী ঈকুং মচাশিংনা
লেপ্পা লৈতনা কামথোরক্লনা লৈরাংশিংগী মখোং চাল্লিবা।
হুমিদাংরাইগী হুমিৎ মঙাম্না অমুকসু ফজহল্লবা মতমসিদা
টৎলু নিংথিরবী শক্তম অহু
মিৎয়েং অমতংগী মাইথোং
মপুংফানা ফজরবা।
নপুক্লিংবু ফাজিন্নবা
খোংইনগে যন্ত্রশিং অসি খোঙেল অমত্তদা
মমি অমত্তং অরেপ্পা লোংত্রবা

মাইথোংদা অহোংবা লৈতনা তাননবা।
কান্নদ্রে থৌশিলসি।
পূক্নিং' মমি তান্নিবা মাইথোংসিনা
ফোংদোন্নকই হেক্তা
পূক্নিংগী রা।
যন্ত্রশিং অসিনা
থোক্তে থক খোজেল অমত্তা ওইনা
মখোয়না হোৎনজবতনি অমত্তা ওইনা তিন্ননবা।
থোরক্লগা—অন্নাবদগী, নুঙাইবদগী
অকিবদগী নুংশিবদগী অমনুং অয়াকৃপদগী অমোংবদগী
মরমসিনা যন্ত্রশিংসিগী সুরদা
পূক্নিংসি লেপ্পা ঙমদ্রে।
ঙমদ্রে খাইদোকপা
অন্নাবা নুঙাইবা, কপ্নিংবা নোকনিংবা।
মতমগী য়াওল্লক্তা অসুম্মক লেপকনি
কপ্পা-নোক্কা
হরাও তয়াম্লবা শকফমদা
শুকথরবা মিৎয়েংদা।

কনানো শকুথংদবা !

নখোয়েল তাবদা হুংশিবা

চংথ্রে থবাইসি হকচাংদগী

পুথোকখ্রে অথাপদা ।

পিবীয়ুকো,—হুংশিবা

তংন-থানদনা লৈমিন্নবা ।

থৌয়াম্লবা পুন্সিসিনা অহাংবা নম্বী থিরি

লমডাওনবা গাইত্রংগী পোরমগুম্মা ।

# ভারত মণি

মাংল্লে ঙসি ভাবতকী মণি অথোযব'মা
সনাগী কোঙ্গোলগুম ভারত ঈয়াইথক্কী
তেল্লব: মতমদা পৃথি শিন্থ্ংনা
শন্দোক্লম্লগা মতিক মঙাল।
মথুবাক্তা মমা লৈবাক মী কাটি নিফু
শিন্নবনি অচেৎপা আশাগা লায়ননা
থম্মোই পেন্ন, মমা নিংবা লুচিংবশিংনা।
মহাক্কী মমিংদা য়েক্লবশিংনা ইকাইজে
মাগী থবক্তা ভারত মচানা আশাগী আশাদা লূপই।
রাজনিতি দলশিংগী চিরোইবা থম্মোইশিংদা
পোক্লবকই অমত্তা ওইরবা প্রেম মাবু ম্নংশিবনা
শন্দোরকই—রাজনিতিনি ইমা লৈবাক ম্নংশিবনা।
পোকহল্লি মহাক্না ভারত মচাশিংগী থম্মোই শিন্থ্ংনা
মীওইবগী ধর্ম্ম নিতি-রাজনিতি কাংলুপ কাংলুপ
মমা লৈবাক ঙাক শেন্নিংবতনা অরাংবা থাক্তা
পুথোক্লবতনি তোঙাল-তোঙানবা রাথল।
ইমাগী মচা পুম্বনা রাথল পুম্বা তামহুনা অমত্তা ওইনা

ঙাক্কনি পোকপিরিবা-য়োকপিরিবা চংজক্ষম ইমা লৈবাকপু।
ও শাস্ত্রীজী, লাল বাহাদুর! কদায়দনো নহাকপু
চৎলবোই থাদোক্তুনা হুংশিল্লবা নমা লৈবাকপু।
ত্তারিবা থম্মোই শোক্লবা পাউসি মং ওইহল্লুবা!
ঙম্নবদি তোকঙাগী শক্তিসি ফাওবনি উৎপা
থম্মে ইগী পি থিংতুনা নোকচগে অমুক্তা
অশাওবা লৈতনা থুরুমজগে তোকঙা লাইরেম্বীবু
নত্রে মসিদি ওইরগনি অঙাওবগী রাখল,
চোংথৎলকপদা আশা কায়রবা চিন্তা পুবশিংনা
মওল মওল থনবা, রাখন্দুনি তাইবংবু মং ওইন।
থাপ্লবা মচি অমদগী মচি অমদা ভারত শিন্থুংনা
শন্দোরক্লে অল্লাবগী পাউ:জলসি ময়েক শেংনা।
ঐগী থম্মোই নিকথিবা মংগী পাউ শন্দোরক্লে
চকচাং শিন্থুংনা তুখোং অমদগী তুংখোং মদা।
অয়ুক্ক: অল্লা পাউজেল পুবা মাকংনা হুম্লি
পৃথিবীগী লৈকুৎ লেরাই থুংনা য়োরি।
অল্লাবগী লিক্লা থিকথরে শালেমথক্তা!
হুংজুক-হুংজানবা লৈচিল্লা কুম্লে
মোমোন নোকচরম্বী ভারত ইমাগী মাইথোং।
অশেংবা পাউনা মিকপ থোকপদা কপহল্লে ঐবু

‘মীওইবগী শিবগী চপচাবা মতমদি
থবক্লা মাইপাক্লা তৌরকপা মতম অথুনি।
পাউতাক অসিনা থেমজিনবা ঙমদ্রে
থংহৌদনা কায়থ্রবা থম্মোইগী অৱাববু।
‘খুদিংমক শিগদবা ঙাক্তনি নোংমা শোয়দনা
শিবগীদমক থন্দুনা কপকন্নু নোক্লুন্নু।’
ৱাল্লোরে পাউতাক অসিবু পূক্নিংনা
হেন্না হেন্না কপলি অৱাবগী মালংদা তাওদুনা।
পূক্নিংনা হুংশিরিবৈঙে মতমদদি অসিগুম্বা
থেমজিন্নবা হায়বা ৱাহৈসু অৱাবগী ঈনোৎ ওই!

তাং ১১ | ৬ | ৬৬ ইং
চঙাঙ্গৈ উচেককোন।

নাকন অমদা তাইবংগী অরাবা
পূঙ্গিগী অকিবা।
নাকন অমদা নংগী থুংশি মুর্ত্তি।
মায়োক্নথিনি
খুদোং থিবা পূবা অকিবা নৈতনা।

# থম্মোই মন্দির তাজমহল

অল্লাহ হু আকবর !!

মহজিদ-তগী লাওরকপা অজানগী খোঞ্জেন্না

নোঙাম্রিদৈঙে মিকপ থোকহল্লে ঐহাক্তী।

থোংনাওসিদা য়েংলি ঙসিগি থোইরাংনা

সুংশিবী নংগীদমক মিত্তনী পি শিন্থবনা

অয়ুক্তী লৈচিল লাক্তিদৈঙে মশেল-মরাংলে মিংয়েংসি।

অত্তিয়াদা নোঙাল্লমদাই শক্তীক ঙাল্লি মমি শান্না

উরিত্ত শেম্বাং চরোয় লৈরাই পেল্লি জমুনাগী।

অহিং চুপ্না শৈশক্লুবা থোম্বাং কয়রবা কোকিল

থোংলি মরক মরক্তা লৈঙোই পুংনী উপান্দা।

মমাংদৈঙগী থৌদোক্ত নিংশিংলক্লে, মমতাজ!

পুঙমদয়ে মৈচাকসি লৌশিল্লোবা অল্লাহ অথোইবা?

অথাপ্পদা উরক্লি মমি শ্রামি মিংয়েং পম্মোদা

সুংশিবীগী মন্দিরসে ঐগী থম্মোয়গী তাজমহল!

মমতাজ ও পাম্মুবী, নহান্না হায়বা মতুংইন্না

ঙসি জমুনাগী তোর্ব্বান্দা শারে সুংঙেম্নী ফুরান্নি।

পেনবা লৈত্রিনে হাপচিনবগী লাকওবা নংবু

নং ঐ তাম্নসি অন্নাৎপা লৈতংহু হান্নবা।

নংগী ম্নিরেল মাক্তা মুঙোম্নী ফুরা মচাসিদা

ঐগী থরাই মঙামক ফুমগ্রবনি মহুংসিদা।
য়েংঙ, তাজমহলগী অকোয়বা থাঙবাৎসি
থরো থম্বাল শাংলে খোইমুনা থক্তা পাইরে।
অথাপ্পদগী পাইরক্তুনা তারি ঙাম্নু জুরা জুরা
উশাথক্তা পোম্বী চেক্লা থম্বাংননা কাইদোংলি।
লাইবক থিরবা ঐগীদি কদায় হয়া য়ে'বদা
চেংলৌ হেনবী নহাক্লা ঐগী নাক্তা উখিত্রবদা
অরাবতা উহল্লে য়েংলু য়েংলু খুদিংদা!
নহাক য়াওত্রবা তাইবংসি লৈজ নিংত্রে ঐহাক্লা
লাংতক্লরবী নহাক্লা থম্মোই মন্দির মহুংদা
মপাং কায়রবী চেক্লাগুম ইথৌ লাংনা ঙাইরিনি।
ঐহাক্লা লাক্লগা মুংশি নংগী ননাক্তা
চিক্লা রারী শাসিকো অহিং তাংলৌ অথেংবদা।
তরাতকক্লি পানবা অহিং' নোঙাল্লমদাই হৌগত্তুনা
জমুনাগী তোর্বান্দা খুৎশয়না খোক্লগা
চিক্লা কন্থীন্নসিকো মগৌশাগী মত্তৌগুম
লাংতক্লনা ঙাইরম্মু অহুঙৈ মজন্নুগী তালোংগুম।
নপাপ চেত্রবী নহাক্লা খোংলৈ থুনা হনথরে
লাক্লবীরে ঐবুদি খোদাগী কৈগুমশংনিদা
তাইবংদা হিংবদি কায়ননি কিবনা মুঙাইবদসু কপহল্লি

ন্নানা ঙাইয়ুকো মফমত্থ্ুদা অমুক কায়নরোইদবা।
ও, মমতাজ ! লৈচিল পুবা মালংনা হুমলকপদা
থম্মোই মন্দিরসে কুপশিল্লক্লে মিকুপ্তনা য়েংলিবা।
অত্থ্ুগা নংগী খোঙ্গ্লেন্দি তাৱি তত্তনা নাকোংসিদা
নোঙাল্লমদাই কোকিলগুম খোম্থাং কায়রবা খোঞ্জেল !
নংগী শক্তম নিংথিবী উরক্লে মিৎসিদা তশেংনা।
মমতাজ ঐগী বন্দী লোইরনি, ঙসিমক লোইরনি
ঐহাক লাক্লে মমতাজ, ঐবু অমুক কৌরন্নু
ঐহাক লাক্লে সুংশিবী; জমুনাগী তোর্ব্বান্দা।

মাইথোং অসিনা ঐগোম্না পাউতাক অমা পিরে
মমল নাইত্রবা।
মতুদি—
কুংলবা মতমগী মনুংদা থোক্লিবা
পূম্নিগী থৌদোকশিংবু
মায়োক্লনি অস্থুম্না।

# ইনুং চেক্লা

মকু

অহিং অসি চিক্লেন্দা রাখোং লোল্লক্লে থাজনা
লেপক্লে মালং শহুম হাই হুমক্লে উপান-রাপান।
নিঙ্খাইরে থরানগী নাচোম লৈচিল থাংল' অতিয়াদা
নাহেরি অন বনা শিরমদ ই কিম্বরবা থাংপোকহুং।
খোঙ্গেল কয়ানা থমগ্রবা তাইবং ইচিক হল্লবদা
পূক্লিং' মিপাইরবা রাখন্দা তরং-মাতং তাওরবদা
তোইনা কৌরিবা চেক্লা কনানো রারবা মতমসিদা।
করম্না তাগনি অনাবগী চোইরোল মরোল থংত্রবা
'সিনিকো পূন্সি লোয়রমদাই ওন-থোইনা থংলিবা।
অমরোমদা নংগী খোঙ্গেল পূক্লিং তুজুংনহংল্লি
হৌখি' অহিংস্রু হায়নৈনে মীনা—অস্রুম্না খোংখি।
নোঙানবদা অহিংত্রুগী শন্দোকখি অশিবা পাউবু
অরাবগী পাউতাক্লি নংনা অস্রুম খোংববু।

করম্বা ফত্তা থুদমনো কনাগা চিরোল রাতানরিবা
ওনশিন্দুনা ঐগী থাংপোক্তা তেংথা-তেংথা খোংলিবা!
শোল্লি তত্তনা করিগী—লোইরগনি, লোইরনি!

চেক্ল ! খোংলখুকো অমুক, নিক্লে কিবনা খম্মোইসি।
খংজরনি তাক্ত্রসু—খাঙেনফমগী শঙ
চন্দরা মৈকোই চক্ষু উরে মোংফমগী সন্দুক।
খংজরনি খংজয়ে থৌরাংসে অয়োইবা মতমগী
কায়হৌরক্লি নংনদি পূক্লিংদা তত্তনা ঐহাক্কী
হৌখিবা পূন্সি অয়ুক্তা অথাপ্পদা লৈহৌরবা
পাম্মুরবা থৌদোক সুংশিরবা য়ারী কাওডমত্রবা।

খংলে চেক্লা—শেংলবা থরাইগী কোকিল্লি ন সি।
কাইনরমদাই অহিংদা তাইবং পূন্সিগী খন্দুনা
নংনা তোইনা তেংখারি হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা।
নংনা অমুক তাক্ত্রসু কাইনরনি তাইবংপান
অহিং অসি লানঙমদা অয়োইবা' পুংজা লাক্লগা
নেংঙাল্লোয়দবা নত্তেনে য়েনবা-কাক্লা খোংত্রগা।

কপ্লক্লে লোম্না অনাবগী আত্মা নংগা য়ারী শাবদা
খংহৌদে ঐসু মিত্তা পি শিম্বখিবা ইতোমতী য়েংবদা
অনাবগী শিকুপ শিরবা মিংকী পি ময়ক্তা।
তাইবং মীকপ থোকডৈদা কপখি খোজেল হৌনা
পলেম গর্ভসুংগী সুংশি' সংসার কাইনরকডৈ।

ঙসি পূন্সি লোইরমদাই মিত্তগী পি শিম্থরি
ময়া তাইবং বিদাইগী থুংশেম থৌরাং কাইবদা।
তাইবংপাল অনিগী নিংশিংলে মাংলমচৎকী রা
পন্থৌনা চেৎন শিন্নখিডৈ, নাওয়োক ফবী পলেমদা।
স্বর্গগী দূত! ঐসু য়াওহনবীয়ু শারসি রারীহু
পানরসি লাও পূন্সিগী অমাং অতোংড়।

ঐগী পূন্সি লোইরমদাইশু ল'কউকো চেক্লা
পূন্সিগী অর্থ নৈননসি রারী শাসি চিক্লা।
তোংলরাও মতম চানা থম্মোইগী কংল' পামেন্না
নং ঐগী থরাইনা উন্নসিনে হাংলবা মফমতুদা।
অংংঙৈ মিকপ পুংদা লম্বী তাকখি নরাগী
গুরু মাইবা মাইবীনা লমখাং খুদিং পূন্সিগী।
'হৌজিক নংনা তাক্লক্লি থরাই মঙা' পম্থুংফম
কোকথক নম্বো থোংগৎলে তাক্লো অরোই' পোথাফম।
অপাম-হুংশি কলক-য়েংথি লম্ফাংলবা তাইবংদা
লম্মুক্করবা থরাইগী তাকউ নংনা হঙিনফম।

ওক্কংথরে অনাবগী জীবদি, নংগী ঈশৈ তাবদা
পুথোকথরে তাইবংদগী তপ্পা-তপ্পা অহাংবদা।

ঐনদি নংবু উঙমত্রি মিংকী পি মরিল্লা
নখোঞ্জেন্না তারিনে ঈশৈ শক্লক্লি মুংশিনা—
"চিন্নদনা কেনখীবী চীংদা শাৎপী ইঙেল্লৈ
মালংনা হুম্বনা কেনবল্লা লৈখোক লোয়বনরা
লৈরাংগী ?
পোকপগী কয়নবা, শিবগী কায়নবা পূন্সি য়াওন্নি
তাইবংদা।
থিঙঙমলোই তাইবং চংথিনি অরোইবা মতম
লাকপদা!"

১৯৬০ ইম্ফাল

অনৌবা থবক খুদিংদা
হ্নাহং অসিমত্তা হংলকউ ত্তত্তনা
'নংনা তৌরিবহ্ন করিনো—?'

নহাকপু উবদা
ঐগী থম্মোইদা
ফোংঙমত্রবা হ্নাথল অমা ফাওরিবসি;
মুংশিবগী
অপাম্বগী
কলক-মিহৌবগী।
ওইহনবীয়ু—
মিকুপ খুদিংমক অসিগী লোয়নবা।

নিঙমদবগী মিকুপ !

লৈখোকো নহাক থম্মোইসিদা লেংদনা ।

হকচাং অসিস্থ চাকথেকউ নহাক্লা!

শরাগী মিতম ওইবা ফাওবা ।

কাওথিগন্থু ইকাইবগী ঈহৌ !

থাংঙমজ্রবা খৌদোক অহ

তত্তনা নিংশিংহল্লু পূন্সি মিকুপ খুদিং

মীমাংদা ইশক অসি উৎপা ঙমদনবা ।

নিঙমজ্রবা য়াথল !

নপান ভাংহুনা

থবক খিত্তদি পাংথোকচগেকো পূন্সিসিদা ।

## তাইবং ঈরোম্নুংদা

ইসঃ মুংসিদা মতমগী থৌরাং !

আশা কয়াগী থুংশেম

মাংখ্রেদো ঙসিদি

মাংখ্রেদো !

হারাপাগী কোম্মুংদা

পৃথি পুম্না শুম্মাংনা

ঙাল্লম্বা মণিমুক্তাগী মৈরা

ঙসিদি কদায়দা—

উররোই মীওইবনা

লূপখ্রে লৈম্মুংদা

মতমগী ঈরোম্নুংদা মীওইবনা উঙমত্রবা ।

পাক্লবা মহাসাগর কয়াগী গর্ভম্মুংদা

মী কোটি কয়াগী প্রদেশ

লূপখি লোয়ননা

মাগী সভ্যতা

মাগী ইতিহাস

ও, নুংশিদা !

রারী কয়া কয়া মাংথ্রেদকো

কনানসু থুংবী উবিত্রবা

লুখখ্রে মতমগী ঈরোন্নুংদা।

মেগুাকিনিদা যক্ষশিংনা শান্নরম্বা

হয়াও-নুঙাইগী কুম্মৈ

চোকথবা লৈত্রবা যৌবনগী লীলা।

মানস সরোবরদা

সনাগী থম্বাল মরক্তা

শান্নরম্বা ঙাম্ন থঙোং।

ত্থষন্তগী তম্পাক্তা

মতম কয়া

কায়না মৈশা লাংলুরবগী তুংদা

নিংবা থুংজরবী সকুন্তলাগী নাপল।

অশিবা মপুরোইবনা হিংলবদা

হরাওবনা ঙাওরবী শাবীত্রি।

ওইসনু কালিদাসকী মঙ

ওইসনু কবিশিংগী থুংশেম

নুংশি পিরাংদি য়ামথ্রেদা মাংখিবা তাইবং ঈন্নুংদা।

অহুঙৈ সমুদ্র ঈন্নাংমদা

মতম কয়াগীদমক
মীওইবগী থুংশেনদা শাগৎখিবা
মী লিশিং-লাখ কয়াগী
হয়াও-কুম্মৈ শায়ফম
পম্পিয়র-হারকুলিনিয়ম
কদাইদনো মাংখিবা—
বিসুবিয়সকী অশাওবদা
লৈনহ্নংদা ফুমথ্রবা মতমগী ইরোম্নুংদা।
সনাগী য়ুম্বী মখোংদা
নিংথৌরেল অশোক্কী নাপল
বৌদ্ধ ধর্ম্মগী আশা
ঙসিনা কদায়দা—
মহাপুরুষ কয়াগী লাইনিং লম্বীদা
পৃথিবীনা কাংলুপ কয়া থোকথ্রবদা।
কদোমদা কদোমদনো ধর্ম্ম!
বিজ্ঞানিক। —ঙসিনা বিজ্ঞানিক।
অচুম্বগী মিচংদা
বিক্রমাডিত্যগী সনাগী রায়েল সিংহাসন
লৌনম্বা কয়াবু মরুফংনা লাকশিল্লম্বা।
নিংথৌরেল কয়াগী অচুম্বা রায়েনশং

কদাইদা মাংথ্রবা—

তাইবংগী কলক মিহৌ থোঙ্খ্রেম্না

নোং-মুংশিংকুম ঈহৌরক্লবদা।

হলডিঘাতকী চীংথক্তা

রানাগী থম্মোইনা মৈহৌরবদা

চাদা থক্তবগী মৈরক্তা

মপাম লমদম য়েংলহ্না

শিন্থখিবা মিংলুগী পি।

মরৈবাক নিংজবশিংগী

মম্মা লৈবাকপু

পূন্সিগী থানা য়াত্রবা শান্নপুংনি খজবনা

কায়নবগী খাংঙমদা মৈচাক্লা

অন্না চৈথেং ফংনা লেনখিবা

পূম্নমক তিনখিকো হে পৃথিবী নঙোন্দা!

অহুঙৈ কংলৈ লৈবাক্লা

মচেং জোইনা কায়রকঙৈ

খোমজোম ভুরেম্না

মম্না লাওনা কাহ্না

ঈগী ঈচেল কামথোরক্লবদা

ঈয়োম্লংদা অতেকপা খোং-খুৎনা

ঙাপ্রুম ঙারেনগুম তাওরক্লবদা
পাউনাগী থম্মোইদা চাকখিবা মৈরা
মৈগী নোং-মুংশিপ্রক্তা
শাখিবা থাংগী জগোই
পৃথি চেথাইহনবা লানগী খোমাও
লুপথ্রে মতমগী ইরোম্নুংদা
চুপচিনথ্রে অরা-অনাগী ঈফুৎতু
পূরমক্কী ঈতিন্নফম পৃথিবীদা
থাড়না লোইরোই লৈবাক নিংবশিংগী রারী
শক্তুনা লোইরোই মুংশিবগী ঈশৈ
মশীং থিঙমলোই অঙকপা হৌখিবা।
থম্মোইদা চেৎনা থমখিবা রারোল
কূপথি মতমগী ফিজং
অকাওবগী লৈরোল চনখি।
কনানা শীংথাবা ঙমগনি
মশীং থিঙমদ্রবা থোদোক ময়াম
রাংতুনতা লৈহৌরনি থিজিনবনা
ইজিপ—রোম—ইথেন্স।
পূজিদা হৌখিবা মিকুপ অমত্তংগী মমুংদা
মমল য়ান্নবা মিকুপ য়াওখি

তেল্লবা মতমগী মহুংদা তাইবংপান্দা
অঙকপা থৌদোক থোকখি
শীংথাবীদনা কাওথোকখ্রবা
অতুগা থম্মোইদি শোকখ্রবা ল্লা মগুম
আ। মুংশিরকইদা থল্লুবদা
পূন্নমকাস থাদোক্নুনা চৎখ্রগা পূল্লিসি
তিনখিনিকো পূম্নমক্কা য়াওন য়াতা শান্নফম পৃথিবীদা
ঙম্লরোই ফোংদোরম্ব। পূক্লিংগী ল্লারোলশিং।
ইতিহাস 'পুম্ব। লানসম্ব
ওইদবা ভাঙনা লেংলসম্ব
অতুবু পূম্নমক্ন। খংহোই
ঙরাংত।--
য়াহো ঙনবী হিরোসিমা
অনিগুবা মুমিৎকুম ঙাল্লকডৈ
নোংপোকথংবা মাইগৈদ।
তুমখি উকুল ওইনা।
মহুনি পৃথিবীগী যজ্ঞ—
নাগ সাখিগী চিতাদগী কাখিবা মৈথুনা
ঙসিসু পাইরি
পাইরি পৃথিবীগী অতিয়া শিম্ব্নুংনা।

ইস ঙসিস্ন
ঙসিস্ন লানগী ঈরাং
মতুগুম্বা যজ্ঞগী থোরাংছ্ !
আঃ পৃথিবী, মীরোল কয়াগী আশা পুরিবা
নহাকী খোংচত্তা—
নিক্লবা ম্রাখলসিদা
কদোমদনো;—কদোমদনো পৃথিবী।
হে বিজ্ঞানিক।
উরে নহাক্কী থোরাং খুৎশেম
হায়ছনবু লোয়ররোইদবা—
মৈ ঈশিং লুংশিৎ পাউখোল্লোই ওইহনবা।
অতুবু নোংমাদ মাংলনিকো
পুম্নমক্কী হোরককম,—পুম্নমক্কী তিরকম
নংগী খুৎশেম; ঐগী আশা
জগৎকী থোরাং
লুপখিনি মতমগী ঈরোম্নুংদা
ননশিনখিনি পৃথিবীগী য়াওন্দা
তাইবং ঈরোম্নুংদা।

নহাক্কা সিমতগা পিয়ু

মতুদি—

নংবু হুংশিবসি ময়েং তাখিদবা

খল্লিবা ৱাখল অসি হোংখিদবা।

নহাকীদমক;

ফত্তবা মিয়েংনরকপশিংবু মায়োক্ক'ঙস্বা।

# লৌকোই পাং

পাং কৌর কৌঙমদা
পু খ্রি হায়রা হায়ঙমদা।
চীংঙুংদা লৈবা লোক্নি হায়রা
ঈচল লেপই, ঈরাওখোল থোক্কে।
নিংথিখ্রেদা ঈপাকসে
চীংঙুং অসিদবু অসুক নিংথিনা
কনানবু শেম শারিগবা
মান্স সবে বর হায়বত্তুবনে মহাদেবগী ভোপ্পা শেম্লবা।
লোইবা চীংলোন ঙাংমদগী
ঈফুং অসিনা চীংজুম পুরবী
ভপ্পা ভপ্পা হৈপরক্নি লেপ্পুনা
ভনিক ভনিক ঈথক হৌরি ঈপাক শিন্না।
প্রকিতিগী শক্লোনসে ফজরবা
লোম্মোক্তবা মিংসিনা উরিবা—
লৈয়েং অমদি থুংনা ঙম্লবোইনে ফোংদোকপা
মিংসিনা করিগুম্বা হৈরম্লবা পাউদম্বা পেনখ্রনিদা ওম্লোক্লা?
লুরবা লাইজা থকসিদা শঙ্গু চারি ঙাশিংনা
অচৌবশিং ঈপাকয়াইদা মনিল থোক্লা চোংলক্লি।

উপান অমগী মশাদা তোর্ব্বান্দা হৌবা
উংেক অমা সনানা শাবা মাল্লবা
ঙা ফাগদগী ঙাইরি তুমিন ফমহুনা—
অহুবু মাদি তুমগ্রে, কাওগ্রে ফত্ত রাখল প্রকিতিনা শুমহ্না
লমগী ঙাম্নু থঙ্গোং খিবিক্লা
ঈয়াইথক্তা চারি শারা-শন্না।
অঙাওবা লাবা অমা য়েংলি মিৎ থক্লা—
ইন্দ্রি ইরাং হৌহল্লম্লগা, থম্লালক্তা মাংপ্রবী লৌনম চাওবী
ইকাই খিগনবী ওইহুনসু লোন্না মুংশি কাইহৌবীহু।
করাম চাওগ্রেদা মিন্না অনিসে!
অহাংবা লৈত্রবা ফজবশিংসে
করম্না অমুক্তদা য়েংলগবা
মুন্নরক্লে অমনা অমদগী য়েংনবা—
অন্নাংবদা অথাপ্পদা—অনকপাদা লাইজা ঈরোম্নুংদা
খোংলম্বীদা ছম পুরিবা শাবী শানৌ অথাপ্পদা।
নোংদোল তম্না কাখৎলিবা মৈথুগী মরি, অরাংবা পামগী
খাংপোক্তা
নোংপোক্কী লোক্তাক ঈপাকয়াইদা—
নাইতোম হোল্লিবা হি, থাঙ্গ চীংনা অথাপ্পদা তাওরিবা
য়েংলু য়েংলু মাইগৈদা নিংথিবনা খুন্দারবা প্রকিতিগী লৈকোননি
অনকপা নারক মোংশোংদা—

হারিনা খোংলি ঈথক্কী জগোই তান্দা নিক্লা-নিক্লা।
শখংদবী চেক্লা'মসু খোংলি অথাপ্পদগী
চিংখোর'ক্লি পূক্লিংবু অরা-মুংঙাই রাখন্দগী।
পি শিন্থুরি কনাগুম্বা নিরাশানা
ঙাম্ব জুরা য়েংলগা তোর্ব'ান্দা ফমহুনা।
চাংখোংদা শার্বা-শানৌ কনাগুম্বশিং
রান্নী শারি লৈচল থিরি নাচোমগী।
চীংমাইদা হৌবা লৈরাং কয়াগী নিংথিবা শক্তম ঊপানগী
ঊনাশিংনা লেংলিবা, লমজাও শহুম ফারবা মালংগী
তপ্পা হুম্বা নেম্লবা মুংশিং ঈপোমদা।
চীংয়া নক্লা পাইরিবা উরোক শঙ্গুগী শক্তম
লোইনা উরে, মুংশেলগুম্না খাল্লিবা লাইজা ঈরোম্নুংসিদা।
নিংথিরবী নংগী পূক্লিং লাংতক্লবা শক্তমসি য়েংবত্তনদি
পেনবা ঙমদ্রেনে থম্মোই অসি ল'ংতক্লবা হেল্লক্রি।
হায়রো হৌজিক্তী থম্মোইগী রা অরোনবা—
করিগীদমক চীংথক্তা কাখত্তুনা লোৎলিবা
করিনুংগী লোক্তাক্তা কুমহুনা তিল্লুত্রিবা
লোম্না-থুপ্পা লৈরগা করিগীদমক ঈয়াইথক্তা থম্বাল শাৎহনবা ?
মীওইবনা থুন্দাত্রিঙৈদগী লৈরক্লবনি নহাক্তী
নংগী গর্ভনুংদা থম্মোই কয়াগী দান কৎলম্লনি।

ঙসিস্থ শান্নরি নংগী ঈয়াই-তোব্ব'ন্দা
মহৌশাগী হুংঙাইবা কুম্মৈ জীবশিংগী লীলা।
হৈরাং লৈরাং কয়ানা মরিক চুম্না থোগল্লি
উচেক রায়া কয়াগী হরাও ইকানফম ওইনরি।
অচিকপা অহিং তাংলৌদা থা থরানমিচাক্কী শকয়েং মিংশেল ওইনরি

অতিয়াদা পাইবা লৈচিল নোংফাইনা
লুরবা নংগী ঈরোন্নুংদা য়েংলগা
শাজং শাওং শেম্নরি অশোই অঙাম য়াওরগা ইকাই মাইথোং লাংশিল্লি।

পুক্লিংগী-লমচংকী পুন্নমক্কী মম্মি তাববা
লুরবা মিংশেল অমত্তং নংগুম্বা
লৈহন্নিংইদকো সমাজগী মরক্তা খান্দুনা।
পাপকী থবক তৌবশিংনা য়েংজনবা মশাগী মশক
অশেংবা হুংশিবগী মশক থংজনবা শাবী-শানৌশিংনা।
মীওইবশিংনা নংগী তোর্ব্বান্দা লাক্লগা
উহল্লু য়েংল্লু মশাগী অশেংবা মশক।
লাইজ ঈরিক অমমমদংনা কংহনবীয়ু
লাল্লুবা থম্মোইশিংবু চামথোকপা ওইয়ু ?
থম্মোইদা লৈবা ফজ রাখন্দু মাংদা পুথোক্নুনা য়েংবা ঙম্নবদি
পোক্লককনি অকিবা মঙমহৃদা অচুম্বা লম্বীগী রাংন্দুস্থ লাবকনি।

১৯৬১ লম্মাংদোং।

মরাল শুজিল্লক্লে পূস্নি অমস্তুং রাখলসি।
পূক্লিং অসি লুপশিন্দুনা অচুম্বা অমস্তুং ফজবা অমত্তদা!
কবিতা অমত্তং ইগে হোৎনরিঙৈ
নংগী মাইথোংগী মমাংদা—
রাখলসি য়োৌবা ঙমত্রে লমথুং
অমগুদা লেপ্পা ঙমত্রে পূক্লিং।
লাকই হেক্তা—
ফজবা নৈরাংগীদা পাক্লবা লম্মাংগী।
হোংখি হেক্তা—
অচৌবা ঈপাককীদা খোয়রবা তুরেলগী।
লামশিল্লুই
ফজবা মাইথোংগীদা অথিবা শক্তমগী।
নিংশিংলকই
নুংশিবা রারীগীদা নোক্লিংবা রারীগী।
মসিদগু নংনা হায় নোকমিবা মাইথোংগা লোয়ননা
থাইদোকপা ঙম্লোই পূস্নিগী মরাল
চরাংনরবা লম্বেলসিদা
থিরিবা হায়ববু মাহুত্তনি
মাহুত্তনি ফংগদবা—।

হে পুন্সি!

চৎথ্রো থিংবা য়াগদবস্থ কৈত্রবনিনা।

নং ঐনা শেমথিবা

অচৌবা থৌয়ামশিংছু তাইনবদা

হকচাং অসি কেমজহৌরগে।

নমাং থাবদা খোঞ্জেল ফরগা আশাশিংছুনা

হৌজিক্তি নিঙমদবা মৈচাককা লোয়ননা

ইম্মরক্লে তুংদা তপ্পা তপ্পা

মীরোন্নবী মুপীগুম্মা।

# ফংলখিনি ভাইখোকো

শাৎলবা লৈকোম্নুং বসন্তনী অয়ুক্তা
লৈশাং তন্নবী শীংেল লৈরাংলক্তা
পুক্লিংগীশাশা লোয়নন শেমগ্রবা
শাৎলমদরে লৈরাংহুদি চেকশিন্না থাগ্রবা।

নুংশিরবী ইভেল থাগী থাজিন্দা
ফুগাইনা শাৎলবী পুত্রি পাৎকী থম্ব'ল্লক্তা
য়াওরমদরে থম্বাল মানবী মাইথোংহুদি
থম্বালক্তম্ব লোৎলমদরে ইকাইথিবী চেংলৌদি।

লমদা থাগী পূর্ণিমা শাবী-শানৌ অপূম্বা
অনৌবা ফিজেৎ-শেৎ শঙ্গু শঙ্গু চৎলিবা
য়াওরমদরে শাবী-শানৌরক্তা মহাক্তী
শামান্নবী মরক্তা উত্রে নুংশি মাইথোংদি।

জর্ন্ম কয়াগী নুমিদাং লিকোল শান্নফম
যুমথোং কয়াদা উরে নিংথিবীশিং' শক্তম।
শকহেনবী কয়াগী মরক্তা য়াওত্রে মহাক্তো
তাজনিংলবা না'কোংদা তাত্রে নুংশি খোজেন্দো

হিয়াংথাং বরগী অয়ুক অঙনবা
লৈরক লমজাওদগী মথোং ফুন্না থোরকপা
নম্বুল তুরেলগী তোর্বান চোল্লে লম্বী থক্তা
লৈশাবী পাখং কয়ানা খুৎশম্নমা চৎলবদা।

মাংগী মন্দির চোরে মাইথোং কয়ানা
উবা ফংত্রেদো চেংলৌত্থদি মিৎসিনা।
মিৎকী পি লোয়নবা দেবীগী চরন্দা তুরবদা
ফম্নদারে মহাককী মমাংঙৈগুম ওইগী নাকন্দা।

দীবানিতাগী হুমিদাং কোম্থোং খুদিং
মৈগী জগোই খুৎ'শম হৈবী হুজাশিং
অমম্বা অহিংদা ঙাম্থোরকপা মোংশোংদগী
অরংবা থাউমৈগী মৈঙাল কোম্থোং খুদিংগী।

মৈঙাল খুদিং চংহনা য়েংলুগনসু
লৈরমত্রে মহাক্তী থোইনা পামজহনসু
চুথৎলমত্রে মথুৎনা মুৎলবা থাউমৈদা
লমথুং থংত্রেদো লম্খাংনরে অমম্বদা।

চৈরাওবা হুমিংকী হুমিদাংরাইদা
খুংশন্নবা কাখৎলকপা চৈরাওচীং খুদিংদা;
উখিদ্রেদো মহাক্তী শাবী-শানৌ মরক্তা
হান্নগুম লাক্লে, চীঙা চীংগী চীংথক্তা।

থুংলদরে চীংগোই বারুণিগী তির্থদা
পাঙ্গল শোনবীদো ফিজি পায়রদরে চীং'লম্বীদা।
চোকথরবী মাইথোংনা হকচাংদা ঙা-খেংলদরেদো
নিঙাই তৌরদরেনে ওইনা চাওগনবীদো।

ও! সুংশিদকে, সুংশিবী কাওররোই পুষ্পিচুপ্পা
ফংলগবা কররম্বা মতমদা মফম কৈদা লৈরিগবা
থিবা রাৎপনরা ঈখৌ লাংলবা থম্মোইসিনা
বসন্ত হেমন্ত ঋতু তরুক হৌদ্রে অমুকন্স।

চান্নবা পৃথিবী নোংজুথানা ইংহনখরে
অমম্বা অহিং কয়া পূর্ণিমা থাবলনা কুপখরে।
আশানা হুনবদা রারবা থম্মোইগী অহাংবদি
মম্ব্রক্লে নিংশিংলকপদা কপহল্লে ঋতু খুদিং।

মাইথিবদা ইকাইদ্রবা থৌনাইদ্রবা রাথম্মদি হায়রি
অশংবা উনা তিঙ্খংলক্তা চংঙনা থিরুখো
কেতকিগুম্না কিজগনবীদো শাংলমখিনি লোত্তুনা
ফংলথিনি ঙাইথোকো, ঙাইযুনে লাংতক্লনা।

১৯৬২ ইম্ফাল।

অমুক্কস্থ
পীরম্মী অপাম্বতু
কোনশিল্লুই চেৎনা।
তুমথক্কই তম্পাক্কুদা মিৎ উইশিন্দুনা;
ওইবম্মী অহাংবা, মং-তাইবং খংদমখৈ
অমুকস্থ হেনগৎলকই খৌরাংবা
হৌগৎলক্কই মিৎ ঙাওনা।

ঙাখল য়াম্না খল্লবা পূন্সি অসে—
মাইগৈ পুম্বদা লাংগোই চনখিঙ্কনা লেংবা য়াত্রবা
লেপ্পুনা লৈত্রে গাইত্রংগী পোগুম লেংবা য়াদনা।

ঙাখল লাম্না লৌখিন্নুকো—
নঙোন্দগী হেনঙমগনি খল্লুবা নঙে
নঙৌ ঙমজবমক ঙমগনি নিংলুবা লৈতে।
পল্লেপকম খংত্রবা পূন্সিসিদা
শুপ্নগী নমাইথোংতবু পামজরুবতনি
মিতাজরুবতা—।

## "করি অমুক থেংনরখি'বা"

ইমা অঙাওবীগী
নঙ্গলগী শেগাইরবা ফিজেৎ মরক্তা
থোংজিল থোংজিল কয়াদা
চাকনি ফিনি কোয়না চৎলম্বা
কনাগী মুংশি হৈত্তবা মিংয়েং
তমথিরবা রাইহৈ—
চাদবনা কংলবী ইমাগী নঙ্গনথক্তা
পেরি পেরি রাহৈশিংছু তাবদা
খাংখিবা খা চিক্লুনা
ও মুংশিদা!
হৌখ্রেদো মতমদো
তাওথখ্রে পুন্সি ঈচেন্দা।

অহিংগী মমৈ ওইরকপদা
থাউমৈগী মৈঙাল
মমি শাম্রবা থাউ য়াওদবনা,
নোং মুংশিৎ মরক্তা
থাংপোক্লা মচেৎ মচেৎ কিম্বরক

ষনবী ষম্নাওগুম নোং নংলবা
শেগাইরবঃ ফদি ফরা মরক্তুগী
খোঙ্গেল নিক্না নিক্না
শোনখিবা লাইশোল
শিন্থখিবা পি পাঃখংলবা মিংলুদা
ও ন্নুংশিদা মতমদু হৌগ্রে
তাওথগ্রে পূন্সি ঈচেন্দা।

পাক্লবা কাংখোল মথক্তা
মোম্পাক য়াওদে, কা·খল য়াওদে
শারবা কালেন থাগী অহিংদা
ইমা ইপা অমত্তা উখিদ্রবদা
ঈনাও পিশকশিংনা কপ্লকপদা
ঐনা কপলকপদা
দদানা খেমখিবা রাহৈ মাসু কপ্পা
নিংশিংলি দৃশ্যদু—।
ইপাগী মতম্প্যাক্তা নৈরিঙৈ
তাহনখি রামায়ন মহাভারত অরা রারী।
মিকপ খোরকঙৈদগী উহনগ্রে মিত্তা
তাইবংপানসি অরাবা শাক্তনি অরাবা;
মিকুপ্তা নিংখাইখি

তোর্বান্দা শাবা লৈঙোইগী ফুরা।
তাইৰংগী পাউখোং ভাক্তুনা
মৈঙান্দা উখি
অশিবা মৈরানবী ময়াম
মমি তাখি পূক্লিংদা
লানফম লানফমদা শিখিবগী রারী—।

রাখলগী মিকপ থোরকৈঙেদগী
অর-অনা কায়নবগী হাবুংদা
খুদি খিবগী লোইনাইত্রবা
পূন্সিগী ঈচেন্দা
হোখ্রে মরোল মরোল—
রাথোক কয়া
থোদোক কয়া
অকিবা ফংলবা ঈথক ঈপোম
থুজুংলবা রারী।
অয়ুক
নুংথিল

হুমিদাংরাই—
উবা ফংত্রিবা লম্বী
'চৎকদবনা কদোমদা
পম্বুংফম্না কদাইদা'
অমম্বদা কোইমা মারিনে
করি অমুক থেংনরখিগবা—?

হে যৌবন !
নহাক্না মথোং ফুন্না কারকৈঙে
থেংনখিবা রাথোক
কদাইদা চৎথ্রে অতুক য়াম্বহু ?
তাওথপ্রবা পুন্সিগী ঈচেন্দা
হন্দোক্লম্লবোই থম্মোইদগী
হকচাংদগী—।
হুংশি রাহংদা

থাবল ফরবা অহিংদা
মহাক্কী পাউথুম
ইকাই হুংশি য়াম্নরবা
লৈকোম্নুংদা থরাই চংনা শামিন্নথিবা
আশাগী ফুরা;
পূন্সি অরা মুঙাই রারী
মাপা পরেং লেংন্ত্রবা রাশক
ও কায়ব্রেদো!
মতং মতং থদংপিব্রে।
শিন্কুপ শানা শেগাইবীব্রে।
পূর্ণিমাগী থাবল ফরবা অহিং থুদিংদা
কায়না মৈশা লাংবা মিংলুদগী
শিন্নরপা পিরাং তরুনা
মতমগী তাংথক নাইত্রবা ঈরোম্নুংদা
থমথরে পিরাং অত্থ
পুথথরে পূন্সি তোরৈনা।

থেংনবগী লোইবা লৈত্রবা
লেপ্পা নাইত্রবা ঈচেন্দা

লোক্তাক্কী কোঙ্গোলগুম
পূন্সিগী কোঙ্গোলসু
লেপ্পা নৈতনা চোংখৎলকই।
শেমগৎৈওদা হরাওমিন্নবা
কায়নথংদা কপমিন্নবা
তাইবং চিরোল খংদবনা
আশাগী তোর্ব্বান্দা শাগৎখিবা
শুক্না চিক্লবা অহিংদা
থম্মোই কুপ্পদা লাশমণি
কদায়দা চৎখরে—
পূন্সি ঈরোম্নুংদা
তাওথখ্রে মিৎলু পিরাং লোয়ননা।
শিক্লম-নারুম্বা পামেন্দা
থবাই তানা য়েৎচরম্বী
নৌরবী লাভাগী আশা
কদায়দা মাংখ্রবা—
তঙাংলবী থজাইদগী শমক্রদো।
অচৌ পিশক নৈত্রবা
ধর্ম্ম জাতি থাইত্রবা
ইতোপ তোপ্পবা সুংশি জগত্তা

মমাই ইত্থম তুম্না
তোমাল মখোন্দা ফমজরম্বী
থম্মোই লৈকোনগী রাণি !
পামেন থক্তা চিক্না রারী শারিঙৈ
শাদানবগী তেন্না পানগ্রে
মুংশি মীনোক তমলকপদা
থাইনা শিরাং শিন্থখরে মিৎলুদা ।
ফংলরোই মুংশিবীদো
অদুবু উরিনে মিৎসিদা
নিংশিংবগী লোক্তাক ঈরোম্নুংদা ।

চাংজৌ পারবা ঈপাকয়াইদা
মঙগী আশা তৌজরবী
পোমশাৎনবী থম্মাল অশং
কেনখ্রে লৈথোক তেক্নুনা
তাওথগ্রে লৈনা লৈনা
তিনগ্রে পুন্সি ঈয়াইথক্তা ।
অমুবা শল্লাং মরক্তা

কেকু লোৎপী শাম্নরম্বী
মিকুপ অমত্তগী বিদাইদা
মিৎস্না ঈহৌনজবী
কদাইদা মাংগ্রবা
বীনাগী লুংশিরবী খোঞ্জেল !
তাররোই অমুক হন্না
ও, অত্থক নৌজরবীদু
কদায়দা—কদায়দা····· ?
কুচু ঙৌরবী শানৌগী
নাখন্নত্তা উজবনি ঐনদি
ফজবা মতুংগী শক্লোন।
মপুন্নোইবনদি ফংখ্রে মপুং ফানা
শোক্লুবা ঙমলগ্নোই ঐগী কবিত্তানা।
হে বিশ্ব প্রেম!
খনবন চাওবদগী
খৌরাংব ইন্দ্রিগী মৈচাকসে
শিম্থরিবা অপাম্বগী পিসে
খকহল্লুবা নংগী মিৎয়েংনা।

হায়দোকপদা ইকায়রবা
তমখোকপদা ঙম্নরোইদবা
নিংশিংবমক্তা খাংঙমজক্রবা
য়াখোক কয়া হৌখ্রেনে।
অরেপ্পা অমত্তসু লৈতে
ঋতুগী মশক্নি
পুন্সিগী তোর্ব্বান'স ঈমাই মান্নরক্লে
অরাবা ইকায়বা খুদোংথিবা
নিক নিক লাওনা ঈহৌরক্লে
নিংশিংবগী মিকুপ্তা
রাং ঙাওরবা ঈথক ঈপোম্না
করি অমুক থেংনরম্বিগবা— !!

থেংলবা অহিংদা মীচিক-মীরাওখোল তাখিজ্রবা
থম্নানমিচাক্কী নাচোম অতিয়াথক্তা নিত্থাইবা

খোংলকপা বাঁশিগী খোঞ্জেল অথাপ্পদা
তুজুংখি নিঙ্গবা থম্মোইনা তাবদা
চোইজ্জাইনরবা আশা ময়াম মরক্তা।
উখিত্রে ঙসিদি
তাখিত্রে খোঞ্জেন্দু
ঙসিদা নিংশিংলকপদা
কপচেৎকনবা থম্মোইসি
কপলক্লিনে লোয়া।
য়াখল মরক্তা ইমুং মন্নুংগী
মাংখ্রে অ.শা ময়ামন্থ।
থাবল ফরবা অহিং থুদিংদা
লেপ্পুনা থরো-থম্বাল শাৎপা পাৎয়াদা
থাইনা মিৎলুদা শিম্বরম্বা নুংশি পিরাং
মাগী অনুতাপনি খনবদা অয়াবগী মরক্তা
নুঙাইবগী ঈনোৎ অমা ফাওখি
কুপখি নুংশিবগী নুংশিবনা।
ঙসিনা পূন্সি য়ুমলেপ্পা
মাংখ্রে নিংতম্বা থম্মোইগী।
অনুতাপকী অনুতাপ্পা নুঙাইবা
ফংলরোই ঙসিদি

যংলরোই—

পূন্সিগী যৌবন্ন' হৌগ্রবদা।

থৌনা অমা ল'কখিনে

লেপ্লবা রাখন্দা লম্বী অমত্তুদা চত্তুনা

থেংনরকপা থোদোক পূম্বা

মায়োক য়ানবা ইচং থৌনা।

অত্তুবুনে লম্বীত্তুদা চৎলবদা

খুদি খিরে ওন্ন-তৈনবদা।

কাখৎলকপা লৌশিং মরক্তা

খম্মোইগী মিত্তা উরম্মী—

লেপ্লবা পৃথিবী, পূন্সিগী খোংচৎ।

লম্বী তাক্তুনা মীওইবগী

অর্থগী পাউপোং অরাংবদা

ঈশৈ শকে থৌরাংলম্মী।

অদুবু মিৎ অমুক্তং পাংলুবদা

মাংখ্রে পূম্নমক

ইথম্তা নোং-মুশিং মরক্তা

নিঙ্থাইদোরবা লৈঙোইগী লৈপুং মতোন্দা
লেপ্তুনা লৈরমলে থক থক নিক্লা।

য়ামখ্রেদা পুন্সিদা থেংনরকপা
লম্ফাংলবা চীংতুংদা
ঈশিং থুমগ্রবা পাংকী লম্বীদা
থোং শাদবা তুরেনগী মপান্দা
মাংদ অমুবা চীংশাংগী থয়েং
লম্মুক্লখি লাম্হোংকপা ঙমদনা
থংখিদে পান্থুংফম
মাংখি আশা।
অত্থুগুবা লম্বীথুগা
মকম থুংদনা থৎপ্রবা
উঙমত্রবা পুন্সিগী লম্বীসিগা
কদায়দা থেম্মরিবা ?

নিংশিংব্রেদো কাওগল্লবা থম্মোই
ইমাগী তম্পাক্তা হিপলিডৈ
মিৎনা উবা পোৎশিংগা শাম্নমিন্নবা
খনখিবা রাখল খোকখিবা খোদোক অঙকপা
ফংদ্রে খেংনগে খনবদো।
য়াহং অমা হংলকই
পাউখুম পিবা ঙমদ্রি—
ফংলিবসি শাইবক্তা তমলম্লব্রা লেংফত্রবা
পূক্লিংনা শেমজুনা ফংলিবরা ফংনিংবা?
লৈ খংই মৈদা অশাবা
ঈশিংদা অইংবা
নাখৈবা ঙমদ্রি অনিমক পূন্সিদা।

য়াম্‌ব্রদা পূন্সিগী খোদোক
অরা-অনা হৌখিবা পূন্সিগী
ঙম্লবদি নিংশিংবা লিশাংশিৎনা
করিগী ঙাম্লাই—
নহানমুকী মপোকপুস্থ নিংশিংবা

থোকখিবা থৌদোক থেংনখিবা রাথোক
মতমগী নোংলৈনা মাংহনগ্রবা
নিংথিবা খুৎশেমগী কজবা
পূক্সিগী হৌখিবা রাথোক মরক্তা
মচেৎ তোইনা কায়গ্রবা থম্মোই।
ইভেল থাগী লৈচিলগুম
কুপশিল্লকপা রাথেংকী মমাংদা
তৌফম খংদনা লেপখিবা
নিক্লবা থম্মোই, রারবা রাখল
খাংঙমদ্রবা মৈচাক
তারি মরুভূমিগী লৈঙোই লৈপুং লৈপুংগুম
ইংলবা শিংশিংবগী খাবল মরক্তা।

ঐহাক্না য়াওদ্রবদা
মপুং কায়োই নিংলম্বা তাইবং
লৈহৌখিনি লেংদনা
পাংথোকখিনি মাগী মথৌ।
মতমগী লৈয়াং শাৎহৌখিনি
মতমগী খেংইমুনা পাইহৌখিনি

মতম মতমগী লীলা শান্নহৌনি
থোরকনি লাংওন ফবা
তাইবং শেমগৎনবা
তাইবং মাংহন্নবা
অতুগা পুথিনি মতম্মা পৃথিবীগী শাইওন।
ইস ! পুন্নমক মতমগী—
মতমগী ঈরোন্নুংদা ঐস্সু।

তাইবংগী কুম্মৈদি উন্নরোই
য়েংবীনবা য়াওত্রবদা
অরেম্বনি পুন্নমক।
হুণ্ডাইবা পাম্বা মী
চৎথি হুণ্ডাইবা থিন-থিনা।
মানা মানা পাম্বদা
খোঙ্গুল লিতুনা চৎনথি মীওইবা
পুথি থম্মোইদা অপাম্বহ্।
ইমাগী তম্প্যাক্তা মিকপ থোকডৈদগী
অপাম্বগী তুংইন্দুনা হৌগ্রে মতম কয়া
ফংত্রি মাবুদি তান্নরগা থাপজোকখ্রি
মওং লিশিং লিশিংনা তাওহন্নমদে ঐবুদি

অমগী মথংদা অমা—অমা—
লেপ্পা লৈত্রিনে
করি অমুক উরখিগবা— ?

'ঙসিনা কদায়দা
অরাবা ইকায়বা খুদোংথিবা
ঙক্লবা রাথোক
উবা ফংলরোয়দবা দৃশ্য
হৌখ্রেদো হৌখ্রেদো মাংলমচৎ
পূন্সিগী ইরোম্নংদা
তাওথখ্রে লাপ্পা লাপ্পা।'
অচম্বা অঙকপা শাইওন কয়া
মখল শুনা তিনখিবগুম মালেমথক্তা
মাম্নরে পূন্সিসি মোংফমগুম।
থেংনবগী লোইনাইত্রবা
পূন্সিগী লম্বীথকসিদা
ঋতু অমা লাক্লবদা
মাইথোং কয়ানা ভাইরমখি।

লৌনম্বা শক্লোন উরগা
ঐগু নোকপা য়াওক্লরি
ঙসি নোকপা
হয়েংনা কপ্পা নিংশিংত্রবোই।
ওম্নোক্লা ওকখিত্রেদকো পুন্সি অসে।

অপংবা ঐবু লমঙাওনহল্লে
লম্বী অতুদা লেপ্লবৈ
গীতা বাইবল কুরআন মীহোৱোন।
ঐনা পিগনি ঐনা ফংগনি
পাপ পুন্য অৱা-অুঙাই।
শেম্বীরে অপংবা ঐবু
নাস্তিক অমগুম্না তাইবংপান্দা।
হেনগৎহন্নি পুক্নিংগী অমম্বা
পৃথিবীগী খোংথাংদা
বিজ্ঞানিকী থৌরাংদা
কদোমদনো মাইকৈ
চৎকদবা পুন্সিগী লম্বেল।

লম্ফাংত্রেদকো লম্বী অসে

মিং তাংলে উনা উনা
না পংলে তানা তানা।
কয়াদা কুংলবা লম্ফাংনো
কনানা হায়বা ইনগনি
কয়াদা য়াম্না তাকখ্রবনো—।
ৈলহুনা লৈরে পূক্লিংসি
লানঙমদ্রবা অপাম্বা সুংশিবা কল্লকপা
করম্না লাল্লগবা
থেংনবগী লোইনাইদ্রবা পূন্সিদা
উবা ফংদ্রবা লম্বীসিদা
করি অমুক উরখিগবা
করি অমুক থেংনরখিগবা
করি অমুক— ??

১৯৬১ ইম্ফাল

———

## লোইরবা